# মৈতৈ

## নট পালা ১সুং চনোম



শ্রী থাংজম চাওবা সিংহ

# মৈতৈ নট পালা

অমসুং

# চলোম

শ্রীথাংজম চাওবা সিংহ
( সঙ্গীত নাটক একাডেমিনা
মৈতৈ নট পালা অমসুং চলোমগী উপাধি পীর্বিরবা )

# কচ্চবা

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী চরণদা
"মৈতৈ নট পালা অমস্তুং চলোম"
লৈখিদ্রবা ওঝাশিংগী প্রতিনিধি ওইনা
থরায় হকচাং য়াউনা ননাইনা কচ্চরি।

ননাই—
থাংজম চাউবা সিংহ

# খুরুমজবা

মৈতৈ নট পালা অমস্তুং চলোমগী ভক্তি, ভাব অমস্তুং রসদি মপাল নাইদ্রবা সমুদ্র ঈপাক্কুম্বনি। কাচিন থুংনা য়োবা ভুমজদবনা অরাংপা চিথবা ময়াম্না পেন্নদবা কয়া লাইরিক মচা অসিদা থন্না য়াওরম্বস্থু য়াই। অরানবা খিবিক ভাকপিনবা অহানবদা স্বর্গীয় ওজা গুরু পুন্নমক্তা খুরুমজৈ। ফজবা পুন্নমকী লৈতেং ওইবিরিবা ওজাশিংনা লাইরিক মচা অসি হরি সংকীর্ত্তনগী মগুন শকচবনি, অস্থুম্না খনবীতুনা অফবা ভাক্তদা পুশিনবীননবা হন্না হন্না খুরুমজৈ।

# লমল

মৈতৈ নট পালা অমস্তুং চলোমগী লাইরিক মচা অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা শ্রীযুক্ত রাংখেম ওঝা চাউভলসিংহ, শ্রীসনাতন দাস, শ্রীলৈচোম্বম কোইরেংসিংহ ওঝা হঞ্জবা অমদি শ্রীষনঙ্গেনবম চন্দ্রহাসসিংহ সেক্রেটরি, সঙ্গীত নাটক সভানা মখল মখলগী মতেং পিবিখি। ফংঙমগ্রবা মতেংশিং অসি মপোক সিমগী শিংবা ভুমলরোইদবনি ঐভোন্দা তোল্লবনি।

থাংজম চাউবা সিংহ

# ৱাহৈ খরদং

উরিপোক ইম্ফাল
তাং ১।১১।৬৯ ইং

ওঝা থাংজম চাউবসিংহবু কুমশী শঙ্গীত নাটক একাদেমীনা একাদেমী এৱার্ডকীদমক খল্লকপগী হুংঙাইবা করি ৱাহৈনা ফোঙ-দোক্কনি। হন্দক্কী একাদেমীগী ৱায় অসিনা ঐখোয়বু হিরম অনিদা পেলহল্লি। অমনা একাদেমীনা অহানবা ওইনা মনিপুরগী নট সঙ্গীতপু মশক খঙবীরকপা অনিশুবদা নটকা মতিকচারবা ওঝা অমবু এৱার্ড অসিগী খনবিরকপা। একাদেমীবু অমসুং ওঝা চাউবা সিংহবু মনিপুরগী কলা সংসারনা থাগৎলি অমসুং পুক্নিঙ থৌগৎলি।

ঐহাক্তি করিগুম্বা হিরমদা কলাকার অমা ওইজদে। অদুনা কলা প্রেমী অমা ওই হায়বসু ইতিক ওইদে। অদুবু কলাকারশিংবু হুংশিবা মখোয়না তৌরিবা শিনফমদা থৌগৎপা অদু ফাওবদি য়াম্না পামজৈ। অসিগুম্বা পামজবা অসি উবিদুনা ওঝাশিং পুম্নমক্না হুংশিবী। মরম অসিনা ওইবা তাই: ওঝা থাংজম চাউবসিংহনা ওঝাগী লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ অমনিদং ইয়ু হায়দুনা তাকপিবসি।

ঐগাক্না লম্বী নত্তবদা থৌজবা ঙমদে। অদুবু মসিমদি চিংনবা নৈতনা হায়জনিংঙি ওঝাগী খুত্তগী থোক্লকপা লাইরি

অসি নট-সঙ্গীত অমসুং পালা চলোমগী হিরমদা মমল নাইত্রবা লল ওইরৌরগনি। পালা চলোম হায়বসি পুন্সি চুপ্পা তমহুনসু মশাগী পীথোক্লকপা মগুন য়াওত্রবদি হৈবা ঙমদে হায়না য়ানরবনি। অতুগী মথক্তা মশা ফহুনসু ওঝা অফবা থেংনত্রবদি তাম্দি চায় ওঝা নাইদে পঙ্ চোং চোংই হায়বদগী হেন্দে। থাংজম ওজাগী তোপ তোপ্পা মগুন হায়ববু পীথোক্লকপা গুনগী মথক্তা মাঙ্দা ফাওখিবা লাইগুম্বা ওজাশিংগী অথুপ্পা বিদ্যা অমসুং আশীর্ব্বাদ লোহোবা অসিনি। ওজা চাউবা অমসুং ওজা নাইবম ইবুঙোহল অনি অসি হৌজিক্কী মতমদা তুহার ওইনা থায়নগী ওজাশিং অমসুং হৌজিক্কী ফাওগৎলকপা নহারোলশিংগী মরক্তা মমল নাইত্রবা থোংগুম্বনি। চহি য়ামশিল্লক্লবনিনা ওজাশিংগী বিদ্যা পুম্নমক শিবদা চেন্নখিগত্রা য়ানরবনি। লাইরিক অসি উবদা পুক্লিঙগী অরাবা অচৌবা অমদি কোক্লে। লাইরিক অসি য়াম্না পানগনি হায়না থাজৈ। হিরম অসিদা য়াম্না খঙগে তাম্লিবশিংগী দমকসু মমল য়াম্বা ললগী পূক্লে অমা ওইগনি।

নিংথৌখোংজম তোম্বীসিংহ

হান্না মনিপুর সরকারগী

শিক্ষা মন্ত্রি ওইরম্বা।

# ৱাহৌদোক

"মৈতৈ নট পালা অমসুং চলোম" নোংমা নোংমগী মৈত্রবাক্তা ময়েং তারক্লি। মৈতৈ নট পালা অমসুং চলোমগী মনুংদা লোক্তুনা লৈরিবা ঈচেল অমদি মনুংগী অর্থ পুন্নমক থিজিনবীবা ৱাংপদগী অয়াম্বনা ইতাও-তাওনা লোয়নবগুম উবা ফংজরি। তেংবাং-বীনবা ৱাংপনা ফোঙদোকপা ঙম্নদনা লৌতুনা থম্বীরম্বা হিরম অসিগী উঝাশিংগী (ওঝা) খুৎনা ইবা লাইরিকশিং থেংনরুবদি পুক্লিং তুজুংই। মীরোন খংঙৈদগী কলা অসিদা পুক্লিং লুপচরক্লবা ননাইনা ভসি ওঝাশিংবু নিংশিংজবা ওইনা সভাগী মফমদা পাউদমজৈ :—

মৈতৈগী নট পালা অমসুং চলোমগী হৌরকফম য়াম্না ময়েক লানা লৈরি। ননাইনা ওঝাগী তুং ইঙ্গুরকপগী ৱারমদি ঙরাংতগী মতমনি। তুহারগী চলোম পুথোকপদি অহানবা ওঝাশিংগী মরক্তা হাওরোকচন ওঝা শামু অমনি, ওঝাবু হাওরোকচম ওঝা হায়না মীংথৈবনা লোইরে। ওঝাসিদগী শাপম ওঝানা তমই। শাপম ওঝাদগী স্বর্গীয় চুংখাম ৺থম্বাল অঙৌসিংহ ওঝানা তমই, ননাই ইশামক অঙাং ওইনা শাপম ওঝাদা তমজৈ। ওঝানা থুপথ্রবদা চুংখাম ওঝাদা চংজৈ. ওঝানা থম্বিরম্বা খুৎনা ইবা লাইরিক

পুন্নমক শাপা নমথোকপা ঙমখিদে। কুপ্না থিরবদি মমল যাম্নবা খুৎই লাইরিক কয়া ওঝাগী মকমদা লৈবিরমখিগনি নিংজৈ।

পুন্সি চুপ্পা তমজবা, ওঝাশিংনা তাকপিরম্বা খরন্থ মাঙ-হনজনিংদবমক্লা, ঐগী লৈখিদ্রবা ওঝা-গুরু পুন্নমক্তগী ফিগাও শানা য়াথং নিজরগা সভাদা লান্থোকচরি।

লান্থোকচরিবা—

শ্রীথাংজম চাউবা সিংহ



শ্রীসনাতনদাস ( চাউভন সিংহ )



শ্রী.লৈচোম্বম কোইরেং : পালানহা হঞ্জবা

# পামজবা

"মৈতৈ নট পালা অমসুং চলোমগী মমুংদা লৈরিবা নিংথৌরোল কয়াদগী চৎনরম্বকলিবা, অরি-অনৌ কয়া কয়া শেমদোক শাদোক্তুনা মপুং ফাহল্লগা কালসিদা মৈহৌরোল্দগী ভক্তি, ভাব রসনচিংবা মপুং ফানা লৈরি। পালা অসিদা য়াউরুগনি খঙনা লাকলিবা ঈশৈ শকপা, তুহার, পুঙয়ৈবনা পুরিবা ভক্তি ভাব, রস খাদোক্লবা য়াদবনি; খঙদবনা খঙজিনবিবা চুম্বনি। পামজবনা ভাব অতু ওঝাশিংনা তাকপিরম্বা মতুং ইন্না মথাদা ফোংদোক্লচরি।

কলা অসি য়োকখৎননবা মমাংঙৈদদি সুপামচা সুপামচাশিংগী স্কুল-স্কুলদা সরকারনা পুঙ-ইশৈগী ওঝা থাবীতুনা অঙাংশিংবু করতাল খিংবা, চলোম, পুঙয়ৈবা, ইশৈ শকপা লাউবা তম্বীরমই। হৌজিক্তি উখিদ্রে। রথ যাত্রা, ঝুলোন যাত্রা. দেবী পুজানচিংবা মতম পুন্নমক্তা হরি সঙ্কির্ত্তন, খুবাক ঈশৈ, নিপা পালা, সুপী পালা অসিনচিংবা লৈকায় লৈকায়দা লিংখৎনরম্বদো হৌজিক্তি চাং য়াম্না হন্থরে। কজরবা হরি সঙ্কির্ত্তনগী মণ্ডপ অসি মরেং তাখিগন্রা খঞ্জবদগী ননাইনা থরায় হকচাং য়াউনা। "মৈতৈ নট্ট পালা অমসুং চলোম" কৌবা লাইরিক মচা অমতং পামজনা পুথোকচবনি।

পুথোকচবা

থাংজম চাউবা সিংহ

১৯৬৮-৬৯

# হৌরকপা

পুঙ, ঈশৈ, জগোইদি মৈত্রবাক্তা মৈহৌরোল্দগী য়াওম্নরকই। লৈশেম্নঙৈদগী লৈরকলকা কলা অসিগী মরমদা পণ্ডিতরাজ শ্রীঅতোমবাপু শর্ম্মনা মনিপুর ইতিবৃত্তদা মপুংফানা য়াওফম মরি, পুযানচিংবা পন্দুনা ইরিরমই। মতম মতমগী মতুংইন্না মওং মতৌ খর-খরদি হোংনরবস্থ মৈতৈগী সুর অমসুং ছন্দদি ইহোং-হোংবদগুম্না লৈরি। থুদম ওইনা পল্লবদি সংকীর্ত্তন্দা হৌজিক হৌজিকমক "এ" "আ" লাউনরিবসি মৈতৈগী সুরনি।

মৈতৈ জাতী অসিগী অহানবা লাইনিং "অতিয়া গুরু শিদবা" হায়না ঈশ্বরবু উপাসনা তৌই। মতুংদা শিব-পার্ব্বতীগী লাংওন নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবী নিংই। মৈতৈ জাতীদি ঈশ্বরবু ( গুরুবু ) হৌরকঙৈদগী থাজরকই ; মশা মশাদা ভক্তি য়াওরকই। মরম অসিদগী পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্তা মৈতৈবু বৈষ্ণবনি হায়না খঙৈ। মৈতৈগী পুয়াদা মৈতৈ জগোয়, লাই হরাওবা লাই শাগৎপা, লাই লোথৎপনচিবা ঈশ্বরদা মৈতৈগী ভক্তি মরু ওইনা হরিগী সেবানচিংবগী মরম ময়েক লানা ইহুন্না লৈ। শকাব্দ ১৬ শুবদা থুয়োক্ত তোম্পোক্কী হাক্কক্তা পুং তিংবগী রারম পুয়াদা ময়েক লানা লৈ। কুপ্না নৈনরুবদা মৈতৈনা পুং-ঈশৈ জগোয়, হরাও কুমৈদা মৈহৌরোল্দগী পুরিং লুপ্লকপগী রারম য়াম্না মরিক

চুম্না উবা ফংই। কনা অসি মৈতৈনা থাদোকপা ভুমদবগী খুদমসু পৃথিবীগী লাঞ্জাও মশুঙ্দা ফংই। বোম তোপ্পা য়াওন্নরবা, চাবা থকপা তুম্বা হিপ্পা খণ্ডনত্রবা শিবা চংবা লক্লিদা লৈরবা লাল্লক অতুদা জগোই ঈশৈদি লেপ্পা মলৈখিদ্রে।

পূঙ-ঈশৈ জগোইনা অসুম অসুম চথরকপনা শকাব্দ ১০৪৪দা ঔগ্রি–হঙ্গেল থোরকলে। মতম অসিরাইদগী নোংচুপ মায়কৈগী ইরাং নোংপোক মায়কৈদা চঙশিন্বা হৌরক্লে। মৈত্রবাক্কী রাংমদা নোংচুপ মারকৈগী মীনা রাধা-কৃষ্ণ নিংই। শকাব্দ ১১৬৪ দা মৈতৈ ধর্ম্ম মরক্তা রাধা কৃষ্ণ নিঙবগী ঈরাং থজিক খজিক চংলক্লে; মতম অতুমক্তদি থোইনা মকা ফোংলমদে। হৌজিক্কী সম্বৎসরদা ছত্র কৎলিবা অসি মতম অতুরাইদগীনি, মতম অতুদদি ছত্র কৎপবু উক্রোং হোঙবা কৌনরমই।

শকাব্দ ১৩৭৬ শুবদা, ক্যাম্বা মহারাজ পানথৈদা বিষ্ণু লাৎপা হৌদোকই মতম অসিদা মৈতৈগী পুঙ ঈশৈ জগোইগী থাক হেন্না রাংখৎলে। পেরে, পেনা, বাশী, মোইবুং খোংবা থোরক্লে; ঝাল য়ৈবা, শেন য়ৈবা, পুঙ য়ৈবা, যন্ত্র কয়া কয়া মপুং ফারে। শ্রীবিষ্ণুদা সঙ্কীর্ত্তন কৎলে। সঙ্কীর্ত্তন অসিমক ব্রাহ্মন অরিবমদগী হৌখি। শ্রীবিষ্ণু-আরতিদা পুঙ-ঝাল য়ৈববু সঙ্কীর্ত্তন কৌখি। সঙ্কীর্ত্তন অসিমকপু কীর্ত্তনীয়া হায়নসু থঙনৈ। কীর্ত্তন্দা মরু ওইনা ব্রাহ্মনগা লাইরিক য়েংবমগা থোবু ওইরকই অতুগীদমক নিংথোগী কীর্ত্তন্দা ক্রুমেল হৌবদা ব্রাহ্মণ অমগা লাইরিক য়েংবম অমগা চৎনবী ওইনা হৌজিক ফাওবা য়াওরি।

শকাব্দ ১৪০৬ দা নামোই খুরাই ওনবনা চৈথাবা কুম ফালগুন পুর্নিমাদা নবদ্বীপ্তা মহাপুরুষ চৈতন্যপ্রভু আবতার ত্তোই মনিপুরদনা রিষ্ণুপুজা তৌবা হৌই। রামকৃষ্ণ গোবিন্দ ছায়না খোম্বোক তরেৎ অসিনা ছন্দ পান্দুনা পুঙ ঝাল লোয়ননা শৈশকপা হৌই। ঝাল য়ৈববু খুখম মচেৎ খিংবা চায়না থঙনৈ। মাগী মথোল্লা "ঝা ঝা" লাউবদগী ঝাল থোনখি। মতম অসিদা মৈত্রবাক্তা পুঙ ঈশৈ জগোই হেম্না চাউৎলক্লে।

খুয়োই ত্তোম্পাক্তী ছাক্তক্তা তিংবা পুঙ অহু খুতুপ তরানিথোই শাংই। থায়নগী লিরবা পুঙজাওগী মওং অহু হৌজিক ফাওবা অস্রোদা উবা ফংই। মতম মতমগী মতুং ইন্না চাওখৎলকই: হরাওবা, অপেনবা, গুংঙাইবা, তোংঙান তোংঙানবা পুঙ ঈশৈ জগোইদা লুপ্পরকই। পুঙগী পুঙলোন, ঈশৈগী শৈহেক, জগোযগী শাথেক পুম্নমক্তা নৈনরকই; থাং হায়বগী ফজবা লৈতেং ভাগী খোশারোম্লচিংবা পুথে'ক্লরকই। অনৌ অনৌবা ফজবা থিবদা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজরবা খুৎশেমদা পুক্লিং চংনরকই। শামুগী চীংলেম্বা তপ্পবা শাজৎ, থংব্রাংচাক্তী, তেনরাগী খোংথাং, উরোক্তী শাথেক, খুহুনা নোযবা, রাহোং জগোয় কয়া কয়া পুথোক্লরকই। উদগী নাপীদগী হৈরাং লৈরাংদগী শাথেক শাওং কয়া কয়া লৌনরকই। উচেক রায়া কয়া কয়াদগী খোম্বোক কয়া কয়া শেম্নরকই।

শোক ১৬৩১ দা গরীবনিরাজনা নিংথৌ ওই। শোক ১৬৫১ দা ঈশৈ শকপা লিংথৎলে; কোকয়েৎ য়েৎপা হৌদোকলে।

লাংবনগী থানিনা নোংমা পানবা য়ুমশকৈশা হুমিত্তা রাজগুরুগা লোইননা লিলোংগী ঈরোংদা ঈরুপই ; নোগুন থাংরা হৌই। মতম অসিদা রামানন্দী ধর্ম্ম শন্দোরক্লে। শোক ১৬৫৯ দা মী ৩০০ নোগুন থাংই। শোক ১৬৬৬ শুবদা শান্তিদাস শিখি। শোক ১৬৬৮ দা জগোয় শান্নখি। শোক ১৬৭৪ দা ভরত শাইনা নিংথৌ ওই। মতম অসিদা নামসঙ্কীর্ত্তন শরুনা শ্রাদ্ধ শোনবা হৌদোকই। শোক ১৭০০ দা জগন্নাথ লাংলি। শোক ১৭৭৬ শুবদা শ্রীগোবিন্দ নিপ'ন তৌই। শোক ১৭৭৯ শুবদা অভিষেক হুমিত্তা শ্রীশ্রীরাসলীলা কংলি। শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পুঙ থোল্লি ; ওজা প্রেমানন্দনা পুঙ থোগল তৌই। মতোন ঈবুংঙো চৌরাম শাইনা ঈশৈ হল্লি শ্রীধরশাইনা দোহার চংলি। মসিদগী হৌদুনা মহারাজগী স্না পালাবু নট পালা হায়না মিংথোনখি। হান্না লৈরম্বা সঙ্কীর্ত্তনবু বঙ্গদেশগী মীনা লিংখৎলম্মী হায়দুনা বংদেশ পালা থোনখি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র ওজা প্রেমানন্দ, ওঝা রসানন্দ ওঝা রাসকানন্দ, ওঝা সরুপানন্দ অসিনচিংবা মতম অদুগী ওজানি।

বংদেশ পালা অরিবগী হৌরকফম :— থিরেল লাইচুং পুয়াদা অরিবা পালাবু অরিংবা পালা কৌহ হান্না লৈজরবা মৈতৈগী সঙ্কীর্ত্তন অসি ওঝা হিজবা ভাংথোম্বা, ওঝা অথম থেমা ওঝা কোম্থৌজাম্বা লাংলেনহনবা, ওঝা রাধানচিংবনা মওং অমদা শেম-দোকখি শন্তিদাসনা রামানন্দি ধর্ম্ম হৌদোকপা শন্দোকপগা লোয়নননা সঙ্কীর্ত্তন অসমু শেমদোকখিবনি। ওঝাশিং অসিবু কীর্ত্তনিয়া ওঝা হায়রগা খঙনৈ। কিয়াম্বা মহারাজগী হাক্কী বিষ্ণুগী আরতি

কৎপদা সঙ্কর্ত্তন হায়বসি ওঝাশিং অসিনা হৌদোকখিবনি। মরম অসিদগী ওঝাশিং অসিবু কীর্ত্তনিয়া ওঝা কৌখিবনি। ব্রাহ্মণা চেষ্টকপদা ওঝাশিং অসি য়াওরক্লে। রারম অসিদি তাংখক অমদা চাউনা লৈখ্রে।

শান্তিদাসগী হাকক্তা হান্ননা লৈরম্বা ঈশৈ ময়েক, অয়াম্বা 'রাম রাম' হায়বা রাহৈনা শিনজিনখি। মৈতৈ মাইবীগী লাই তোংবগী স্বরনা রাগ রাগীনি ওইহনা 'রাম রাম' হায়বা ছন্দ অসি ঙসি ফাওবা লৈরি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লাইনিং লাইশোন মপুং ফারে। মতম অসিদা পালা অনি থোকলে। পালা অমনা অরিবা বঙ্গদেশ পালা কৌই; পালা অমনা নট পালা কৌই। চৎনবি মওং অমদা পালা অনি অসি ফিজেৎ লৈতেং তোঙান্নরকই। সঙ্কীর্ত্তনগী মতমদা কোকয়েত্তি য়েৎলে, অহুম ওইনমক থোইদোকপা মওং মরিন নাইরমদে। মতম অহুদা পালা য়াওবশিংনা কোকয়েৎ য়েৎলিবহু মরু ওইনা সঙ্কীর্ত্তনগীদমক য়েত্তবা য়াদহনা য়েৎপা নত্তে। পুঙ-ঈশৈ তৌব-শিংদি মশিং খরদমক ওহরম্মী—অয়াম্বনা পুঙ ঈশৈ তৌবশিংবু রাখল অমদা পুনরম্মী। অমম্বদা মিশক মিশা খণ্ডবা মতমদা কোক-লু শোকখিগদ্রা কিমহনা পুঙ ঈশৈ তৌবশিংনা লৈজ-লৈজবা ফি মতা চাবনা কোক্তা য়েৎনখিবত্তনি। মহারাজ ভাগ্য-চন্দ্রগী মতমদা হলি-দল লৈরে। য়াওশঙগী মতমদা ঋতু বর্ন্ন তৌহনা থুলক্তা য়ুমথোঙ থুদিংদা লৈকাই থুদিংদনা নাকা থেংহনা হরাও তয়ামনৈ। মসিগী শৈওং শৈদাদি তোঙাল্লি। অরিবা পালা

অমসুং নট পালা অনি অসি ফিরেপ্তা মায়দে। মচা ইবেম্মা বিম্বাবতিনা স্না হাক্তক অসিদা পালা অমা লিংখি। রাসগী গোপী মখৈনা পালা ওইখি। পাল্গা অসিগী মমিং রাসেশ্বরী থোনখি।

হরি ভক্তিগী লম্বেল য়াম্না পাক চাউরকলে। পুঙ করতাল, ঝাল, রাম করতাল মোইবুং খাংসি শরিক মাঙ্গং বাঁশী পুম্নমক অসি মমিং থোল্লে। ঝালগী সঙ্কীর্ত্তন, রাম করতালগী সঙ্কীর্ত্তন, অরিবা পালাগী করতাল, অনৌবগী করতাল, অরিবা পুঙ, অনৌবা পুঙ হায়না স্বর ছন্দগী কাইদা য়েংল য়েংলতুনা শেমদোকলে। রাগ রাগীনি মওং নাইরে। মতৌ অশুম্বা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদদি পুঙ, ঈশৈ জগোই কলা বিদ্যা খম থেংনা চাউখৎলে।

গম্ভীরসিংহ মহাবাজগী হাক্তক্তা কাছারগী ওঝাশিং থরগা য়াওরকলে। ঝাল পালাবু নাম পালা, ধব পালা হায়না খণ্ডনরে; ঝাল পালানা নাম তাকা শকপস্থু হৌদোকলে। শোক ১৭৫৬ দা নরসিংহ মহারাজনা পাল্লে। মতম অসিদা শোক ১৭৬৭ শুবদা জলকেলী পালা হৌদোকই। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী কীর্ত্তন্দা গৌর-ক্রমেল কীর্ত্তন তৌবা হৌদোকই। ক্রমেল অসিনা নরসিংহ শাগৈগী ওইখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা হৌদোকপা অতুনা মহাক্রমেল কৌতুনা কার্ত্তা শাগৈগী ওইনা লৈখি। মারজিৎ মহারাজগী মতমদা কোম্মুংদা শ্রীগোবিন্দ লৈতে। মতম অতুদা ক্রমেল অমা কৎখি। গোবিন্দ লৈতবা মতমদা কৎলুবদগী ক্রমেল অসি থুল্লকী ওইখি।

নরসিংহ মহারাজগী মতমদা ফৈজোম নাথৈ লৈবা হৌদোকই খুতুপ নিপাল শাংবা ফৈজোম শেৎনরম্মী। নাথৈ লৈবা মতমদা

থুক্তপ নিপাল অসিনা ওক্তে। ময়ম অসিদগী কৈজোম অহুদা কৈজোম মতেক থরদা শম্নখি। অসুম্না ফি অশাংবা থাল ওইনা কংদ্রিভৈদগী কৈজোম খোংদাই শেংনরকপনা ফি-থাল থাল কংলবা কাওবদা কৈজোম খোংদাই শেংপা তোক্লরমদে। মান্নবনা কজবী অমসুং চংনবী ওইদুনা থালদগী ফিবুম লৈরুরগা ময়াইদা শেগাইদুন খোংদাই তাইদুনা কৈজোম ওইনা শেমখিবদি পালা য়াওবা ঙাক নত্তনা মীপুম খুদিংমকস্তু পালাগী মতৌ তমদুনা (কৈজোম খোংদাই শেংনরম্মী। মৈহৌরোন্দগী হৌনা থাংয়েং ফিনা অনি থাদরকই। নামৈ লৈবা চংনরকপদগী থাংয়েং মনা অমা লোংশিনপ্রে। থাংয়েং ফিনা অমা লোংপা নামৈ লৈবগী মরমদি শ্রীগৌরাঙ্গগী (ত্রিকশ্চ) ফিজেং ফিনা অহুম গুঞ্জা মতোন নামৈগী ফিদোন থাংয়েংকা ফিদোন অহুম অসি শেমখিবনি।

চন্দ্রকীর্ত্তী মহারাজ স্নাহাক্তক্তা দেবী ক্রমেল পুখোকই। হান্নবা চাওখংলমলবা পুঙ ঈশৈ স্না হাক্তক্তা থাক য়াম্না হেন্না য়াংনা চাওখংখি। শোক ১৭৯৬, ইঙেন সংক্রান্তিদা থুবাক ঈশৈ হৌদোকই। শোক ১৮০০ দা পানা মরি চৌষট্টি রস শকখি। হাওরোকচম ওঝা, শরোংখাইবম ওঝা অনিনা দোহার চলোম পুখোকখি। হৌজিক পালানা য়েংলিবা কোকয়েং অসিদি মহারাজগী মবাই ইবুংঙো নোংথোম্বনা শগোল কাঙজে শান্নবদা য়েংলকপা কোকয়েং অহু কজমনখিদুনা মতৌ তম্নখিবনি। হলি দল চাওখংলে, লীলা উংলে। গৌরচান্দ গোষামী ব্রহ্মানন্দ গোষামী, ক্ষেত্রমোহন গোষামী, গদাধর গোষামী ওজা মরি অসিনা

চৈতন্য সম্প্রদায় খোব হৌদোকখি। মহম্মদ খাঁ আলিখাঁনা কালা-ব্রাটি হৌদোকখি। মাইবম কৈকা, চীংঙাথম মেরী, মমাক ইবুংঙো থুমজাওপুরেন অসিনচিংবা ওঝানা হলি পালাবু থম থেংনা ফজহনখি স্বাথ্যা, চন্দ্রহাস, শগোলশেম তোম্বা, ঠাকুর রেবতী, তোলচো শর্ম্মা াকুর কাফাই পুম্নমক অসি তিন্নহুনা শ্রীল শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ মহারাজ স্বাহাক্ত ফাউবদা পুঙ ঈশৈ জগোই থাক হেন্না হেন্না রাংনা চাওখংখি।

---

# নিংশিংজবা

লাইরিক্কী অহানবা শরুক্তা পুঙগী পুঙলোন থেংলিবা অসি পালা য়াউবীরিবসিংনা তান-মেল কায়দননবগীদমক পুক্লিংদা হান্দুনা থম্মৈ, খম্নগদোবস্থ ওট। অহুনা মরম ওইহুনা ইজবতনি। চপ চাবা তান-মাত্র পরিং কায়দবা পুঙলোনস্থ লাইরিক্কী অরোইবা শরুক্তা ইজরি।

অইবা
শ্রীথাংজম চাওবসিংব।

# "মৈতৈ নট পালা অমসুং চলোম"

## ওঁ গনেশায় নমঃ

## সঙ্কীর্ত্তনদা পালাগী ভাব

সঙ্কীর্ত্তন সেবা লাকলিবা পালানা ( শ্রাদ্ধ শিরোমোনি, চিড়া উৎসব সম্বৎশরিক শ্রদ্ধা চিংবগীদি ) সঙ্কীর্ত্তন মফমদা লৈরমলিবা খোঙহাম্ফম অমা হায়না খুরুমগনি। খুরুমলিবা আসগী ভাব মথল অনি শুন। ভাব (রাখল) অমনা সঙ্কীর্ত্তন মফমদা চঙলগে তাকচবনি; ভাব অমনা অপ্রকট ওইখ্রবা ( লৈশিন্দ্রবা ) বৈষ্ণব, বৈষ্ণবী অমগী আত্মা (জীবা অদু সঙ্কীর্ত্তন সেবা তৌকসি হায়না হৌবনি। অসুম্না বৈষ্ণব বৈষ্ণবী অমগী আত্মা অদুবু ভাবনা পুশিল্লগুনা সঙ্কীর্ত্তনগী মফমদা চঙলক্কনি। মাগুবকী চৌংথৈ পাংবদা চংলকতুনা সঙ্কীর্ত্তন মফম অদুবু খুরুমগনি। মতম অদুদা খোঙহাম্ফমদগী পুশিল্লকইবা বৈষ্ণব বৈষ্ণবীগী আত্মা অদু মাগুব মপু অদুদা ভাবনা শিন্নগনি। মথং তাবদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব ভাবক অহল-লমন তিল্লিবা খিবিক খুরুমগনি। মসি পূন্নমক লোইরবা মতুংদা সঙ্কীর্ত্তন অমগী থৌশিন থৌরাং পুরিবা ( সম্বাসন ) ফমফম শিনবনা ফম্মু হায়বা মফমদা ফমগনি। মতাং চানা লৈ চন্দন চংলক্কনি। লৈ-চন্দনগী অর্থদি লাকইবা খিবিকপু অমদি পালাবু মায্যাদা তৌবনি। ভাব অমরোমদা পালাদা লৈ চন্দন চংলকপদি য়ুম্বু ওইন্নিবতুনা লাকইবা পালাবু

সখি ওইনা খন্দুনা হরাও হরাওনা কৌশিনবনি; ওকচবনি। সখিশিং লাকলবদি ইবুঙোগী সেবা মপুং ফারগনি নীংজহনা নুংঙাইজবনি। লৈ চন্দন লৌবা মতমদা পূক্লিং হরাওগনি অহুগা লোয়ননা ঐখোয় লাকচরে য়ৌজরকলে হায়না পূক্লিংদা নীংগনি।

মতাং চাবা য়েংহনা য়ুম্বুনা সঙ্কীর্ত্তন হৌবীরো হাইবগী য়াথং, পালাশিংনা ঙায়হনা শেম শাহনা লৈগনি। মতাং অসিদা সখিশিংদা শ্রীমতি রাধিকানা "সখিশিং শুরব্রা? শুরবদি ইবুঙোগী প্রেম বিলাসকী সেবা থৌগল্লসি" হায়খিবা ভাব, রস অহু পুরহনা পূঙ য়ৈবা, ঈশৈ হনবা দোহারনা সখিশিং ওইনা নীংলহনা "ননাই ঐখোয় পূন্নমক শুরে, থৌগল অনুগা ওইজরগে" হায়না খুমগনি। ফোংনা খুমখিদবা ওইরবসু পুক্লিংদা নীংগনি। অসুম্না নীংহনা পূঙয়ৈবা অনী ঈশৈ হনবা দোহার চপ মান্ননা থোক্তুনা মাগুব মফম অহুবু দণ্ডবৎ মরিরক হন্না কত্তুনা খুরুমলগা মাগুব মপু, ভাবক, ব্রহ্মণ বৈষ্ণব পূন্নমকপু খুরুমজগনি। অরোহবদা য়ুম্বু (কর্ম্ম মপু) গী হুবু খুরুমগনি। য়ুম্বুবু খুরুম্বগী অর্থ অমা লৈ। করম্বা রস, করম্বা ভাব, করম্বা মতাংগী নাম শোনগদগে হায়বহু হংহনা নক্রগা পূক্লিংদা নীংহনা য়ুম্বু অহুবু খুরুম্বনি। মতম অহুদা মপুঙগী অর্থ খঙলবদি য়ুম্বু অহুনা "অরাংফমদা" হংউ হায়গনি নক্রগা অহুম্না নীংগনি। অসুপ কুপ্পা ভাব অসি খঙনদবা, কাউনখিবা ওইরবসু নাম শোনগদবা ঈশৈ হনবনা য়ুম্বুবু খুরুম্বা মতমদা হায়রিবা ভাব অসি কোনশিনগ্রনি। অসিগুম্বা মতম অসিদা অরাংফমবু ভগবতী পৌর্ণিমাসি ওইনা লৌবীগনি, য়ুম্বুবু শ্রীমতি রাধিকা ওইনা নীংবীগনি। (ইবুঙো

ইবেম্মগী লীলা শিল-লাঙলিবদি ভগবতী পৌর্ণিমাসিনি ) য়ুম্বু খুরুমন্নুরগা, য়ুম্বুনা তাকললকপনি হায়না নীংবা রাখলগা লোয়ননা অরাংফমদা খুরুমগনি। মতু ইবেম্মনা তাকপিরকপা মতুং ইন্না ভগবতী পৌর্ণিমাসিদা হুমিৎ অতুগী শান্নগদৌবা লীলাগী মতাং হংলিবনি খন্না খুরুমগনি। মতম অতুদা অরাংফমনা পালা তাঙ্গ অমমম পুঙয়ৈবা, ঈশৈ হনবা, দোহারনা চিংবদা পীরক্কনি। মতুগী অর্থদি লীলা হৌরমদাইদা তাক্কে হায়বনি। অরাংফমনা পীরক-লিবা পালা তাঙ্গা অতু হোরেল সঙ্কীর্ত্তন হৌরগা মানা মানা ফমলগদৌরিবা মফমদা ঈশৈহনবনা ঈশৈহনবগীদা, পুঙয়ৈবনা পুঙয়ৈবগীদা দোহারনা দোহারগীদা থমগদবনি। হৌজিক মতমদদি চংনবী ওইনা কনাসু কনাসু শোকলোইদবা মাণ্ডব ময়াইদা হেক মংয়রে।

## সঙ্কীর্ত্তনগীদমক পালানা মাণ্ডব ময়াইদা চংবা।

হৌনবা চংনবা মতুং ইন্না নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবা পালানা মাণ্ডব ময়াইদা চংলকপদা খুৎ ওইনা করতাল পায়গনি। করতাল অতু খম্বোয় (খজিন) মপা য়োনা পুখৎকনি ; খুৎ য়েৎনা কৈজোম হুঙ্গা খাজলপ তৌনা পায়গনি ভক্তিগী মওংদা কোক নোল্লপ তৌগনি।

পুংচৈয়বনা মাণ্ড থাত্তুনা ঈশৈংহনবা দোহারনচিংবনা মতুং ইন্দুনা পালা পুম্নমক পরেং শানা মাণ্ডবকী চিংথৈ পাংবা চিথেক্তগী মাণ্ডব ময়োল য়োনাচংংক্লগা মাগী মাগী মফমদা মকোয় মান্নবা ফমগনি। করতাল অনিমক মাংদা থমগনি। (মাণ্ডব মপু বড়িরগনি।)



মাণ্ডব মপু বড়িবগী শক্রম

পালানা মফম চানা ফম্লবা মতমদা অরাংফম্না * গন্ধ-চন্দন চংলক্কনি। ভসাই পানা তাঙ্গ অমমম পীরকতুনা করি রসদা লীলা শান্নগদগে হায়বতু লীলা হৌরমদাইদা খঙহনগে হায়থিবা অরাংফমগী ব্রাহ্মণ অত্তু মতাং অসিদা নীংশিংগনি। গন্ধ-চন্দন উবদা গন্ধ চন্দনগুম্না রস চেনবা লীলা শান্নৌ হায়রি হায়না খঙনগনি। চন্দন

---

*গন্ধ চন্দন, লৈ চন্দন, ধূপ, ঘিগী থাংমৈ।

লৌবা মতমদা সেবা কংজরগে খনগনি। লৌরবা চন্দন অতু পুঙয়েবনা পুঙদা, ঈশৈ শকপনা করতালদা হান্না কৎকনি।

গন্ধ চন্দন চংবা লোইগ্রবা তুংদা য়ম্নু ওইবনা চংতুনা পালা খুরুমগনি। মাগুব মপু থোরক্‌্না পুঙয়েবা অনিগী কারক্তা অহাঙব লম্বী থিংবা ওইনা ফমলগনি। য়ম্নু অতুম্তু মাগুব মপুগী তুং ওইনা ফমতুনা অহাঙবা মফম অতু থিংবা ওইনা ফমগনি। থোরাং মপুং হেক ফাবগা পুঙযেবা ঈশেহনবা, দোগার অমম্তুং পালা পুম্নমক গায়ত্রী বীজ শোন্দুনা সাধন তৌগনি।



ফি বড়িবা

## পুঙগীগায়ত্রী :—

মৃদঙ্গায় বিদ্মহে শ্যাম বর্ণায় ধীমহি তন্নো মৃদঙ্গায় প্রচোদয়াৎ। ক্লীঁ ক্লীঁ ক্লীঁ ধলীঁ ধলীঁ ধীঁ দলীঁ দলীঁ দলীঁ শ্রীঁ শ্রীঁ শ্রীঁ মৃদঙ্গায় স্বাহা।

## করতাল গায়ত্রী :—

ক্লীঁ ধলীঁ দলীঁ শ্রীঁ করতালায় বিদ্মহে রাধা রূপায় ধীমহি তন্নো করতাল প্রচোদয়াৎ। ক্লীঁ ক্লীঁ চলোঁ চলোঁ করতালায় স্বহা। ইতি বীজমন্ত্র। (করতাল হাইবসিনা ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকাগী বক্ষস্থল (থবাক) অমসুং করতাল মঙ্গিনা ইবেম্মগী বেনি (শম) নি হায়না পুক্লিংদা নিংগনি)।

মাওব মপু, য়ুম্বু, পুংয়ৈবা, ঈশৈহনবা, দোহার অতৈ পালা পুম্নমক মতম অমতদা চপ মান্না পঞ্চাঙ্গনা (মাওব ময়াইদা অসন মথক্তা লেংশিল্লিবা ঈশ্বরবু) থুরুমলগা হৌগৎলগনি। পালা পুম্নমক্, শেম শাবা লোইরে হায়বতু হেক উবগা পুংয়ৈবা মকোক চৎপনা মাওব মপুদা ঐখোয়গী শেম শাবা লোইজরে হরিধ্বনি লাওবিবা য়াগনি হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌগনি।

## হরিধ্বনি (জয়ধ্বনি)

শ্রীমদ্রাধা গোবিন্দ প্রীতি আনন্দ বল প্রেমসে কহ।
শ্রীরাধাকৃষ্ণ বল প্রভু নিত্যাই চৈতন্যাদ্বৈত।
শ্রীরাধারাণী কহত সন্ত-সাধো মধুরস বানি হরে হরে।।

হরিধ্বনীগী মতুংদা য়াওরিবা চৈতন্যাদ্বৈত হায়বা রাহৈ অসি হেক য়োরকপদা পুঙয়ৈবনা পুঙগী রাগ হৌগনি। পুঙগী মতুং ইন্দুনা করতালসু খিঙগনি।



হরিধ্বনি লাউরমদাইদা পালা অমসুং মাণ্ডব মপুনা লেপকদবা মওং।

## রাগ হৌবগী পূঙলোন।

তেন তেন তাং টাক তাং — ( অহুমলক )।

নিত্যাই চৈতন্য — ( অহুমলক )।

পূঙগা কোন্নবা করতালগী মরোলসু নিত্যাই চৈতন্য হায়বগুম খিঙশিনি।

## চেকশিনবিগদবা

রাগ হায়বসি শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি নিরূপণ তৌবনি। সঙ্কীর্ত্তন হাওবীরিবা পালানা পানা খানচিংবা চানদে। ফজবা অসি সঙ্কীর্ত্তন মপুং ফাবা ফাওবা ঙাকপিগনি। রাগ মহুং অসিদা পালা পুম্নমক্না থুমাঙ্ক ফন্দোক্ত না থুনীং শুপচিন্দুনা ( ত্রিকোনাদা ) লেপকনি। মিৎফম চোইফদে। মাঙদা লম-অমা লাপ্পা মফমদা, মিৎ হন্থনা পাঙত্থনা মিৎয়েং থমগনি। রাগ হৌবদগীনা গুরুঘাট লোইরত্থনা খুরুম্না অহু ফাওবদি পুক্নীং চংনা দর্শন তৌগদবনি।

কীর্ত্তনিয়াগী ভাব অমসুং পুক্নিংদি অসিনি। শ্রবনিয়াগী ভারীবা ভাবুক ) ভাব অমসুং পুক্নিংসু অসি ওইফম থোকই।

রাগ অহৌবগী পুঙলোন অহু মথৈ মপুং ফানা পালানা খঙবা তাই। মাত্রা চুমজ্রবসু চীনফা পুগনি পুক্নিংদা হান্দূনা থমগনি। অহু নজ্রবদি করতালগী মরোন্দা অশায়বা থোকলকই।

# রাগ অচৌবগী চাওরাকপা পুঙলোন

শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ বিধুর্জয়তি।

শ্রীগৌর সঙ্কীর্ত্তনারম্ভ কথংতে।

তেন তেন তাং টাক তাং (৩) নিত্যাই চৈতন্য (৩)

ঘিন্নঘ্র ধেং ধেন তেন তেন তাং টাক তাং,

থেং ধেন তেন তেন তাং টাক তাং

ঘিন্নঘ্র ধেং ধেন তেন তেন তাং টাক তাং,

ঘিন্নঘ্র ঘিণ্টাক ঘিন তেন তেন তেন তেন তেন নে টাক তদাং,

তেণ্টাক তদাং তেণ্টাক তদাং তেণ্টাক তদাং,

ত্রঘিণ্টাক তাং, ত্রঘিণ্টাক তাং, ত্রঘিণ্টাক তাং — ।

(১) মতাং অসিদা ঈশৈ হনবনা হরিধ্বনি লাউগনি।

শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি আনন্দ হরিবল হরিবল ॥

পালানা থুমগনি। 'হরে হরে' ॥

ত্র'ঘিন ত্রঘিন ত্রঘিন গ্র-গ্র-গ্র-গ্র-গ্র-গ্র খিণ্টাক তাং,

খিণ্টাক তাং ঘিণ্টাক তাং ঘিন্ন-গ্র ঘিস্তাং-টাক

ঘিন-ঘিন-তাং, তাক-ঘিণ্টাক-ঘিণ্টাক-ঘিণ্টাক

ঘিন্নগ্র ঘিস্তাং তাক-ঘিন-ঘিন-তাং তাক ত

ঘিন তেস্তাং থেন তাং ঘিন গ্র গ্র গ্র গ্র গ্র গ্র তাং—

ধেস্তা ধিন ঘিন্নগ্র ধেন তাং তাক তাং তাং তাং।

(২) মতাং অসি ফাওবদি শ্রীআদ্বৈত প্রভূনা হুঙ্কার তৌগনি হায়না নীংগনি। মতাং অসি হেক লাম্থোকপদা শচীদান্দগী মশক ওইবা শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি নিরুপন দর্শন তৌরগনি। নিরুপন দর্শন অসিদা পুঙলোন অহুম চংই।

## নং (ক) পুঙলোন

তেন-তেন তেন-তেন-তেন তেন-টাক-তদাং —
টাকখিৎ থ্র-থ্র-থ্র-থ্র-থ্র-থ্র তাং টাকখিৎ ২
থ্র-থ্র থ্র-থ্র-থ্র-থ্র তাং থ্র-থ্র তাং, থ্র-থ্র তাং
থ্র-থ্র তাং থ্র-থ্র ত্যত তনা ত-ত তেন
তেন তেন টাক+খিৎত তেন-টাক +২ খিৎত তেনা
টাক ঘিন্নদাং +ত +খিৎত তেন টাক +ত খিন্নদাং +ত
+ত্রথ্র-তেন খিৎ-ত খিং-ত্রঘ্র-তেন-ঘিন-টাক
ঘিন +ত +ত্রথ্র তেনঘিণ্টাক ঘিন +ত ত-ত ঘিন্ন ত
ঘিম্নত ঘিন্নত-ঘিন্নত-তেন তাং-তেনতা
তেনতা-ধেন ত-ধিন ঘিন্নঘ্র ধেন-তা-টাক-তাং-তাং-তাং। ১।

নং (ক) গী পুঙলোন অসি শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি অহৌবনি; শ্রীচরন্দ-গীনা কতিৎ য়োবা ফাওবা নিরুপন দর্শন তৌগনি।।১।

## নং (খ) পুঙলোন

+ খিৎ তা টাক +ত গি+ন খিন্তা টাক +ত
খিৎতা টাক ঘিন ঘিন তা টাক + ঘিন
ঘিন্তা-টাক-ঘিন-ঘিন্ত টাক, ঘিন ঘিন্তা টাক

তাং-খিৎ-ত-ত খিৎ-তাং-খিৎ + তাং ঘিনত ৩
ঘিন তাং ঘিন ⁺₀ তাং ঘিন তৎত ঘিন্না তেনা
তেনা-তেন-তে তাং ঘিন ঘিন ত্রঘিন তেন্তা
থেন-তা ঘিন খ্র-খ্র-খ্র খ্র খ্র-খ্র তাৎ
ধেন তা ঘিন ঘিন্নগ্র ধেন তা টাক তাং তাং তাং । ২ ।

নং (খ) গী পুঙলোন মতাং অসি ফাওবদা শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি অচু কতিৎতগীনা কণ্ঠ য়ৌবা ফাওবা নিরুপন দর্শন তৌগদবনি ।

## নং (গ) পুঙলোন

?খ্র খ্র +তেন টাক ⁺₀ তৎত তন তৎত-ত তাং,
খ্র-খ্র তেন্টাক ⁺₀ তৎত তন তৎত-ত তাং,
খ্র-খ্র তেন্টাক ⁺₀ তৎ—ত তন তৎত-ত তাং,
+তাং তৎত ত-ন তৎত-ত তাং ⁺₀
তৎত-ত-ন তৎ তৎ ত-ত তদাং ⁺₀ খিতাং
খিৎ ত-ত খিৎ তাংখিৎ তাং ঘিন ত-ত
খিন্তাং ঘিন ⁺₀ তাং ঘিন ৩ ৩ ঘিন্তাং ঘিন ⁺₀
তাংঘিন ৩ ৩ ঘিন্ন তেনা তেনা তেন্তা
ঘিন ঘিন ত্রঘিন তেন্তা থেন তাংঘিন
খ্র-খ্র-খ্র-খ্র-খ্র-খ্র তাৎ ধেন্তা ঘিন
ঘিন্নগ্র ধেন তা টাক তাং তাং তাং । ৩।

নং (গ) গী পুঙলোন মতাং অসিদা শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি দর্শন মপুং ফারে । শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি দর্শন মপুং ফারবদি গুরুঘাট য়ৌরক্লে । মতম

অসিদা অকুপ্পা খোঙকম অমা অনিদং হনগনি কোক খিজক্তং নোনগনি ।

## গুরুঘাৎকী পুঙলোন

ঘিন্নঘ্র ধেন্তা থেন ঘিন্তা তেন্তা
তেন্তা তাং + তেন্ত তেন্তা তাং +২ থ্র-থ্র তেন্তাং
তাং-তেন-তাং টাক তেন্তাং টাক তাং-খিং ত-তাং
খিংতাটাক ঘিন্নগ্র ধেন্তা থেন ঘিন্তা তেন্তা
তেন্তা তাং + তেন্তা তেন্তা তাং +২
থ্র থ্র তেন্তাং তাং তেন্তা টাক তেন্তা টাক
তাং খিংতা-তাং খিং তা টাক ঘিন্নগ্র ধেন,
+তাটাক ঘিন্নগ্র ধেন +৩ + টাক ঘিন ঘিন্নঘ্র
ধেন +৩ +তাং টাক খিংতা ধেন +৩ ধেন তাং
টাক খিংতা ধেন +৩ ধেন তাং টাক খিংতা
ধেন +৩ ধেন + তধেন +৪ ধেং ধেন, + ত ধেন +৪
ধেং-ধেন-তধেন +৪ ঘিন্নগ্র ধেন্তা থেন ঘিন্তা
তেন্তা তেন্তাং তাং + তেন্তা তেন্তা তাং +২
+থ্র থ্র তেন্তাং +৩ তেন্তা থেন ঘিন্তা তেন্তা
তেন্তা তাং + থ্র থ্র তেন্তাং +৩ তেন্তা থেন ঘিন
গ্রগ্র তেন্তা থেন ঘিন ঘিন্নঘ্র ঘিন তেন্তা ঘিন ধেন ঘিন
থ্র-থ্র তে-ন-তাং খিং তাং থেন ঘিন তাং-তেন্তা তাং
ঘিন্তা তেন্তা খিংতাং ঘিন-ঘিন তাং থ্র থ্র
তেন-তেন তাটাক ঘিন্নঘ ঘিন ।

(৩) মতাং অসিদা গুরুঘাট লোইরে। পুঙয়েবা, ঈশৈহনবা, দোহাররনচিংবা পুম্লনক চপ মান্নবা পঞ্চাঙ্গনা থুরুমগনি। মাগুব মপুগা য়ুম্বুগস্থ থুরুম্বা অসি য়াউরমলগা মফম মফমদা হঞ্জিনগ্রগনি। মগুণী ময়াইদা শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা ভাম্বোহইরবনি খঞ্জন্তুন থুরুম্বনি। থুরুমলুবদগী হৌগৎলকপদা ঈশৈ রাগ হৌরনি। রাগ হৌদ্রিভৈদা পুঙনা হানগনি। রাগ হৌরমদাইদগী পুঙলোন অসি চেকশিন্না চীনফা পুগনি।

## (৪) ঈশৈগী রাগ হৌনবা পুঙলোন

ঘিন্নঘ ঘিণ্টাক ঘিণ্টাক ঘিণ্টাক, ঘিন-তেন-তেন-তেন টাক, তাং তাং তাং খিৎটাক খ্র-খ্র তেন্তাৎ টাক তাং-তাং-তাং খিৎটাক খ্র-খ্র তেন্তাৎ টাক তাং খিৎ–তাং টাক-খিৎ তেন্তা টাক খিৎ-তেন্তা খেন টাক ঘিন্নঘ খেন্তা খেন্তা খেন্তা খেন্তা খেন খেৎ খেন্তা টাক খ্র-খ্র তেন্তা টাক খিৎ তেন্তা টাক খিৎ ঘিন্নঘ খেণ্টাক খেন খেন্তা ঘিণ্টাক ঘিন খেণ্টাক–তেণ্টাক তেণ্টাক তাং।

(৫) গুরুঘাট লোইরবা তুংদা তারকলিবা রাগগী পুঙলোন অসি মরু ওইনা ঈশৈহনবা দোহারদদি অরুবা তানফমনি। হৌ-নিংবা মতমদা রাগ হেক্তা হৌবা য়াদে। পুঙয়েবা হৌগৎখ্রে রাগ হৌরনি হেক্তা খনবা চুমদে। মরু ওইনা পুঙলোন কদাই য়ৌথ্র-বগে হায়বহু তাগনি খঙগনি। পুঙগী পুঙলোন্না "তেণ্টাক তেণ্টাক তাং" হায়বা মথক্তা উৎল্লিবা রাগগী পুঙলোন মখাদা লই অশাংবা চিংলিবা অসি হেক হায়রগা (য়েবগা) তান–মাত্র–নিংখিনা য়েংহুনা

ঈশৈ হনবনা রাগ হৌগদবনি। রাগ অদু লোইদ্রিবা ফাওবা পুঙলোন অসি হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈগনি।

+ত্রঘিন ত্রঘিন তাটাক ঘিন ধেন্তাং ঘিণ্টাক ঘিন্নগ্র ধেন ½ ধিন থ্র-থ্র-থ্র-থ্র-থ্র-থ্র টাক টাক থ্র-থ্র-টাক থ্র-থ্র টাক থ্র থ্র-থ্র-থ্র টাক ত্রঘিন ত্রঘিত্তা টাক ঘিন ধেন্তাং ঘিণ্টাক, + ঘিন্নগ্র ধেন্তাং ঘিণ্টাক ঘিন্তাং ধেন্তাং ঘিণ্টাক ঘিন্তা ধেন ½ থ্র থ্র টাক খিৎ-তাং খিৎ তাৎটাক খিৎতা-ধিন থ্র-থ্র ধিন থ্র-থ্র ধেন্তা ধেণ্টাক + তেন্তা থেন্তা থেণ্টাক ½ তেন্তা থেন্তা-থেন্তা-টাক থেন্তা টাক, থেন্তা থেণ্টাক, +ঘিন্নঘ্ৰ ধিন-ধিন-ধিন-ধিন ধেণ্টাক, +ঘিন্নঘ্ৰ ধিন-ধিন-ধিন-ধিন ধেন্তা ধেন্তাৎ ধেন্ত থেন ধেৎ ধেন্তা টাক তেন্তা থেন্তা থেণ্টাক-থেণ্টাক থেন্তাৎ টাক থ্র-থ্র থ্র-থ্র-থ্র-থ্র টাক থেন্তাৎ তেণ্টাক তাং খিৎটাক থ্র-থ্র তাৎ খিৎ টাক ধিন্তা থেন ঘিন্তা তাং খিৎটাক থ্র-থ্র তাং খিৎটাক ঘিন্তা থেন ঘিন্ত তাং খিৎটাক থ্র থ্র তাং খিৎটাক ঘিন্তাৎ থেন ঘিন্তা থেণ্টাক খিতা থেণ্টাক খিৎতা থেণ্টাক খিৎতা তেন্তাৎ তেণ্টাক টাক টাক টাক তাং খিৎটাক থ্র থ্র তাং খিৎটাক ঘিন্তাৎ থেন ঘন্তাৎ থেন ঘিন্তাৎ থেণ্টাক খিৎতাৎ থেণ্টাক খিৎতাৎ তেণ্টাৎ খিৎতাৎ তেন্তাৎ তেণ্টাক।

(৬) অসিগী মখাদা সঞ্চার অহুম য়ৈরগনি অহানবগী সঞ্চারগী পুংলোনদি মখাদা ইরিবা অসিনি।

তেন ত্রথ্র তেণ্টাক ঘিন্তাৎথেন ঘিন্তা তেন ত্রথ্র তেণ্টাক ঘিন্তাৎ থেন ঘিন্তা তেন ত্রথ্র তেণ্টাক ঘিন্তাৎ থেন ঘিন, +থেন্তা খিৎতা ⅓ তেন্তাৎ তেণ্টাক তেন ত্রথ্র তেণ্টাক ঘিন্তাৎ থেন

ধিন্তা তেন ত্রগ্র তেণ্টাক ঘিন্তা থেন ঘিন, + থেন্তা খিংতা ৩+
তেন্তাং তেণ্টাক +থেন্তা খিং তা ৩+:তন্তাং তেণ্টাক +থেন্তা-
খিংতা ৩+ তন্তা তেণ্টাক খিং ত্রগ্র তেন্তাং তেণ্টাক খিং
ত্রগ্র তেন্নদাঃ খিংতাং তেন ত্রগ্র তেণ্টাক ঘিণ্টাং থেন
ধিন্তা তেন ত্রগ্র তেণ্টাক খিংতাং থেন ধিন্তা তেন
ত্রগ্র তেণ্টাক ঘিন্তাং থেন ধিন + থেন্তা খিংতা ৩+ তেন্তাং
তণ্টাক খিং ত্রগ্র তেন্নতাং তাং থেন তা ঘিন্নগ্র ধিন
ধেন ঘিন্নগ্র ধেন্তাং তা থেন তাংটাক থেন তাংটাক ।

(৭) অহানবগী সঞ্চার অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ভাব অমা নিংশিং ঙক্লে ।

(৮) অনি শুবা সঞ্চারগী পুংলোন্দি মখাদা ইরিবা অসিনি :—

## চীনফা

ধিন +থেনতা ২+খিংতাং টাক ঘিন ধেন্তা থেন্তাং খিংতা
টাক, ঘিন ধেন্তা থেন্তাং খিতাটাক ঘিন ধেন্তাং টাক
ঘিন ধেন্তাং টাক ঘিন ধেন্তা ধেণ্টাক থেন্তা খিংতা
থেন্তা খিংতা থেন্তা খিংতা তেন্তাং তেণ্টাক টাক টাক টাক
ধিন, +থেন্তা ২+খিংতা টাক ঘিন ধেন্তা থেন্তাং খিংত টাক
ঘিন ধেন্তা থেনতাং খিংতাটাক ঘিন ধেনতাং টাক ঘিন
ধেনতাং টাক ধিন ধেনতা ধেণ্টাক, থেনতা খিংতা থেনতা
খিংতা থেনতা খিংতা তেনতাং তেণ্টাক থেনতা খিংতা
থেনতা খিংতা থেনতা খিংতা তেনতা তেণ্টাক ৩+ খিং

ত্রগ্র তেনতাং তেণ্টাক খিং ত্রগ্র তেন্নতাং খিংতাং
খিন থেনতা থেনতা খিং তাংটাক ঘিন ধেনতাং থেনতাং
খিংতা টাক ঘিন ধেনতাং টাক ঘিন ধেনতাং ধেনতাক
থেনতা খিং থেনতা খিংতা থেনতাখিং তেনতাং তেণ্টাক খিং
ত্রগ্র তেন্নতাং তাংথেন তাঘিন্নগ্র ধিন ধেন ঘিন্নগ্র
ধেনতাং তা থেন তাংটাক ধেনতাং টাক ঘিণ্টাক ঘিন্নগ্র
ঘিনতাং থেণ্টাক ঘিনতাং।

(৯) অনিশুবা সঞ্চার অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী অনিশুবা ভাব ওইরে।

(১০) অহুমশুবা সঞ্চারগী পুংলোন্দি মথাদা ইরিবঅসিনি।

ঘিন +তেন্ন তেণ্টাক ৩ +থেনতা খিংতা ৩তেনতা তেণ্টাক, তাখিং
তাধিন ৩ ধেন ঘিন্নগ্র ঘিন ৩ তাং, ঘিন + তেন্না তেণ্টক ৩
+থেনতা খিংতা ৩তেনতা তেণ্টাক, ঘিন +তেন্তা তেণ্টাক ৩
+থেন্তা খিংতা ৩ তেনতা তেণ্টাক, +থেনতা খিংতা ৩
তেনতা তেণ্টাক খিং ত্রগ্র তেনতাং তেণ্টাক খিং ত্রগ্র তেন্নতাং
খিংতাং ঘিন তেন্ন তেণ্টাক তেন্ন তেণ্টাক
থেনতা খিংতা থেনতা খিংতা থেনতখিংতা তেনতা তেণ্টাকখিং
ত্রগ্র তেন্নতাং তাং থেন তাং ঘিন্নগ্র ঘিনতাং থেণ্টাক ঘিতাং ৩।

(১১) অহুমশুবা সঞ্চার অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী অহুমশুবা ভাব ওইরে। অসিগী মথাদা বর সঞ্চার তারগনি পুংলোন্দি মথাদ ইরিবা অসিনি।

তাথেন্তা থেন্টাক তাং তাং তাং তাখিং ততাং খিংতা খিংতা
তাঘিন ততাং গ্র গ্র তা ধেন ধিন তাথেন ধিন থেন ধিন
ততা গ্র গ্র তা গ্র গ্র তা গ্র গ্র তেনতা ঘিন্নতাং তাংটাক
তেন্নতাং খিংতাং তাং তাং তখিংত তাখিংতা খিতা
তাং ঘিনতাং গ্র গ্র তাং ধেন ধিন তাংথেন ধিন থেন
ধিন ধিনততা গ্র গ্র তা ⁺₂ গ্র গ্র তেন্নতাং খিংততাং তাং—
খিংততাং খিংতা খিততাং, ঘিন্নতাং গ্র গ্র তাং ধেন
খিতাতা গ্র⁺গ্র তা ⁺₃ গ্র গ্র তেনতা খিংতাটাক, গ্রগ্র
তেনতা খিংতা ঘিন ঘিন তাং ঘিনতাং টা খিংতা
খিং তেনতাং টাক ঘিনততা তাংখিংতা টাক ঘিন ঘিন
তাং টাক খিংতাটাক ঘিনতাং টাক গ্র গ্র তা ধেন
ধিন তা থেন ধিন থেন ধিন তাং তাখিং ও তাং খিংতাং
খিংতা টাক ঘিনতাটাক গ্র গ্র তাধেন ধিন তা থেন
ধিন থেন ধিন ঘিন্তুতাং গ্র গ্র তা গ্র গ্র তা গ্র গ্র তা
গ্র গ্র তেন্তাং খিংতা টাক ঘিন্নগ্র ধেন্তাং ধিন তাং।

(১২) বর সঞ্চারদি অসিদা লোইরে। মথক্কী সঞ্চার অহুমগী ভাব অহুম অতু বর সঞ্চার অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী ভাব অহুম অতু অসিদা মপুং ফারে।

⁺তাং থেন্তাং খিং তা টাক ⁺₂ তা থেন্তাং খিংতা ধিন ধেন ধিন ঘিন্নগ্র ধেন। অসিদা বাহন শকুনি।

( আহার ) থেন্টাক থেন্টাক থেন ধিন থেন ধিন তেন্টা টাক, গ্র গ্র টাক থেন্টাক থেন্টাক থেন ধিন থেন ধিন তেন্তা টাক

ঘিন্নগ্র ধিন ধেন ধিন তেন্তা টাক। ঘিন্নগ্র ঘিন তেন্তাৎ তেন তেন তাৎ তাৎ তা তাৎ তা তাৎ তেনা তেনা তাং থ্র-থ্র তা ধন তা ধন ত্রঘ্ ধেন তা ধেন ধন টাক।

ঘিন্নগ্র ঘিন ত-ত-ত তেন্টাক খিৎ ত-ত-ত তেন্টাক খিৎতা টাক ঘিন্তাৎ টাক খিৎতা থেন, +ঘিন্নগ্র ধিন ধেন +/২ +ঘিন্নগ্র ঘিন ধেন +/২ থেন্টাক থেন্টাক থেন ধিন ধেন ধিন তেন্তাকৎ টাক।

( অথাইবা ) ধিন্ততা খিৎতা ঘিন ত-ত খিৎ তা ধিন ঘিন্নগ্র ধিন ত-ত খিৎতা ধিন ত তা খিৎতা ধিন ধন তা ধন তাৎ ধেন তা ঘিন্নগ্র ধেন।

ধেন্তাৎ টাক তেন্তাৎ টাক খিৎ থ্র-থ্র তেন্তাৎ টাক তেন্তাক খিৎ থ্র-থ্র তেন- ধিন ধেন ধিন ঘিন্নগ্র ধেন্তাৎ টাক। পরিংনি।

( ১৩ ) অসিদগিদি থারগনি পুংলোন্দী মথাদা ইরিবা অসিনী।

তাং ঘিন্না ধেন ধিন ধেন তা ধিন্না ধিন থেন।। হন্না হন্না য়ৈগনি।

ধিন ধিন্নতাং +থ্র থ্র তাৎ ঘেন ঘিন ঘিন্ন তাং ঘিন্ন তাং ধিন্ন-তাং +তনতাং খিৎত ধেন ধন্ত ঘিন্তা তাং +/২ ধিন্নধেন ঘিন্ত ধেন ধন্ত ঘিন্ত ধেন ধন্ত ঘিন্তাং তাৎ।

(১৪) অসিদগিদি কাত্তিক সঞ্চার য়ৈরনি পুংলোন্দি মথাদা ইরিবা অসিনি।

ধিন থ্র থ্র তেন্তাৎ তেন্তাৎ টাক খিৎতাং টাক থ্র থ্র

তেন্তাৎ তেন্তাৎ টাক খিৎতা +/২ তেন্তাৎ টাক খিৎ তাং +/২

তাংখিৎ তাৎথেন + তঘিন +/২ থেন তঘিন +/২ তধিন
তধেন তাৎ ত্রঘ্র নেন্দাং ঘিন্নদাং, তাৎ টাক তেন্নদাং
খিৎতাতাং ॥ +ধিন থ্র থ্র তেন্তাৎ তেন্তাৎ টাক খিৎতাং টাক
থ্র থ্র তেন্তাৎ তেন্তাৎ টাক খিৎ তাং +/২ +তেন্তাৎ টাক খিতাং +/২
তাং খিৎতা থেন +/৩ ঘিন +/২ থেন +/৩ তঘিন +/২ থেন তঘিন
তধেন্তাৎ থ্র থ্র তেন্তাং তেন্তাৎ টাক খিৎ তাং ঘিন থ্র থ্র তেন্তাং
তেন্তা টাক খিৎতাং টাক থ্র থ্র তেন্তাৎ তেন্তাৎ টাক খিৎতাং
টাক থ্র থ্র তেন্তাৎ তেণ্টাৎ টাক খিৎ তাং +তেন্তাৎ টাক
খিতাং +/২ তাংখিৎ তাথেন তঘিন +/২ থেন অধিন +/২ থেন
তধিন ত ধেন্তা +থ্র থ্র তেন্তাং খিৎ তাটাক +/২ থ্র থ্র
তেন্তাং খিৎতা ঘিন ঘিন তাংঘিন ত ত খিৎতা খিং তাটাক
ঘিন্তাৎ টাক থ্র থ্র তাধেন ধিন তাৎ ধেন ধিন ধেন ধিন
ধিন থ্র থ্র তেন্তাৎ তেন্তাৎ টাক খিৎতাং টাক থ্র থ্র
তেন্তাৎ তেন্তাৎ টাক খিৎতাং +/২ +তেন্তাৎ টাক খিৎতাং +/২
তাংখিৎ তাৎথেন তধিন + তধিন +/২ থেন +তঘিন +/২ থেন
তধিন তধেন্তাৎ থ্র থ্র তেন্তাং টাক ঘিন্নগ্র ধেন তাৎ ধিন্তাং।

(১৫) কান্তিক সঞ্চারদি অসিদা কোইরে। কান্তিক সঞ্চার লোইবগা সঞ্চার ঘাট তারগনি। ঈশৈগী রাগ থরম্ব মতাং অসিদা হঞ্জিনগনি।

## সঞ্চার ঘাট—পূঙলোন

ধেন্তাৎ তাং ধিন ধিন ঘিন্নগ্র ধেন তাৎ তাং ঘিন ঘিন ঘিন্নগ্র ধেন তাৎ তাং তা গ্রাং গ্রাং থিতাং থিতাং থিৎতাৎ টাক থিৎ-তাৎ টাক থেৎ থৎ ঘিন ঘিন থেৎ তাক ঘিন গ্র গ্র তেন তেন তাৎটাক ঘিন্নগ্র ধিন।

সঞ্চার ঘাট মপূং ফারে। মতাং অসিদা ঈশৈ হনবনা গুরু বন্দনা, সভা বন্দনা-নচিংবা তৌগনি। বন্দনা লোইরবনা ঈশৈ তারকপদা তিন-তালগী পূঙলোন য়ৈগনি-ঈশৈসু তিন-তালগী শকনি।

## শ্রীগৌরচন্দ্রগা লোয়নবা তিন্তাল নচা

### পূঙলোন ( চীনফা )

টাক টাক ঘিন্নগ্র ধেন্তা ঘিন ঘিন্নগ্র ধেন্তাক ঘিনতা থেন্তা টাক।
পুঙলোন অসি পরিংনি। হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈগনি।

অথায়বা পুঙলোন ( চীনফা )

গ্র-গ্র-তাং ... ... ... ৮ থিৎতা থিৎতা তাং
ঘিন্নগ্র ধেন... ... ... ৮ থিৎতা থিৎতা তাং।
+গ্র গ্র তাং থিৎতা থিৎতা তাং +২ +ঘিন্নগ্র
ধেন থিৎতা থিৎতা তাং +২ ঘিন্নগ্র ধেন্তা
ধেন্তা তাং থিংতা ধেন থিৎতা থিৎতা তাং +২

+থেন-ঘিন্নঘ ঘিন্টক থেন ঘিন্নঘ ঘিন থেন ঘিন
থেন ধিন্তাং খিৎতা খিৎতা তাং $\frac{+}{২}$ গ্র গ্র তাং
খিত খিত তাং $\frac{+}{২}$। খিৎতা খিৎতা তাং খিৎতা খিৎতা তাং।

পুঙলোন অসি পরিংনি। অসিগী মতুংদা অক্ষর কয়ামুক হাপ্পুনা রৈগনি।

ঘিন্নঘ ঘিন তেন্তাং টক খিৎতা তেন্তা টক খিৎটক
খিৎটক তাং ঘিন্নঘ ধিন্তা তাং $\frac{+}{২}$ +ঘিন্নঘ ধিন
তেন্তা টক খিং ঘিন্তেন্তা টক খিং $\frac{+}{২}$ ... ... ...

অসিনচিংবা য়ৈরগা থাগনি। থাবদা পুঙলোন অসি খঙগনি।

'খিৎতা খিৎতা খিৎতাত ঘিন্নগ্র ধেন ঘিন্ন ঘিন্ন তাং' হেক থাবগা আখাম্বা তারগনি। পুঙলোনদি অসিনি।

ঘিন থেং টক ঘিন্তা থেন্তাং। হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈগনি। ঘিন্তাং থেন ঘিন্তা থেন ধেন্টক খিৎতা তাং হায়বা পুঙলোন্না অথাবা ওইগনি। থারবা তুংদা মকোক অমুক হঞ্জিল্লকনি।

'ধেন্টক ধে ধেন ঘিন্নগ্র ধিন থেন তেন্তা টক' পুঙলোন অসি হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈগনি।

'ধেন্টাক তেন্তাং খিৎতা তেন্তাং খিং গ্র গ্র টক খিং থেন ঘিন্নগ্র ধেন্টক ঘিন ধেন্তা ঘিন থেং ধেন'। পুঙলোন অসিনা থাগনি।

মতাং অসিদা তিন্তাল লোইরে। 'অচৌবা' অমসুং 'মচা' হায়না তিন্তাল অনি থোকই। অচৌবা তিন্তালগী মিহুল (ঈহুল) ৮, মচাগী মিহুল ৭ নৈ।

একতালদা রাগ হোই, তিন তালনা মভুং তারকই। এক-তালদগী তিন তাল তারকপগী মরম কয়ামুক চৎনবী ওইনা লৈ।

একতালগী মিহুল অহুমনি। মিহুল অহুম অসিদগী তিন্তাল পোকই। অহুনা মরম ওইহুনা একতালনা হোবা রাগ অহু তিন্তাল তাত্রবদি রাগ অহু মপুং ফাদে। অহুনা একতালনা হোরগা তিন তাল তাদবা য়াদবনি।

চৎনবী ওইনা মরম অমদা অসুম্না লৌনৈ।

সচ্চিদানন্দ বিগ্রহগী মশক ওইরবা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী পুক্নিংদা ভাব অহুম ফাওথি। মমাঙৈদা দ্বাপুর যুগতা, শ্রীবৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণ অনিগী পুর্ব্ব রাগদা শ্রীমতি রাধিকানা পুরুষ অহুমদা মন ইচ্ছা বড়িখি। অসুম্না পুরুষ অহুমদা মন ইচ্ছা বড়িখিবা ( থম্মোয় কৎ-খিবা ) অসি অমমম ওইবা ভাব ওইনা লৌনৈ। অহুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী পুক্নিংদা ফাওথিবা ভাব অহুম অহুস্থ অমতনি। পুরুষ অহুম অহুদি অসিনি ঃ—

ভগবতী পৌর্ণিমাসিনা বৃন্দাদেবীগা রা তারহুনা রাধা কৃষ্ণ অনি-মক পুন্না শান্নহন্নবা থৌরাংলকই। নোংমদি পৌর্ণিমাসিনা শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীমতি রাধিকাগী ফজবা শওং-শাবান, রূপ-গুন পুন্নমক শন্দোক্লা পন্দুনা অপাম্বা হুংশিবগী রারম কয়ামুক হায়রৈ। শ্রীমতি রাধি-কাগী রাথলদা লুপলহুনা শ্রীকৃষ্ণনা কদমগী মথোঙদা কমহুনা বাঁশীদা রাধা রাধা কৌখি। বাঁশী থোঞ্জেল তাবদা ইবেম্মা রাধাস্থ কোয়-ভাওনখি। অপাম হুংশি রাথলনা পুক্নিং লাওখি। খাঙমত্রবা

থম্মোয় অমসুং য়াথল অদো শ্রীকৃষ্ণদা কথোকখি। অসিনা অহানবা মন ইচ্ছা বড়িখিবনি।

ভগবতী পৌর্ণিমাসিগী য়াথং পুত্থনা নান্দীমুখী ছুতিনা শ্রীমতি য়াধিকাগী নাক্তা ল্যাক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী য়ূপ-গুণ শাবান-মূর্ত্তি ফজববু খাগৎ থাগত্তুনা হায়খি, ফজবা পুন্নমক্লা লৈতেংলবা ইবুঙোগী গুন শক শোল্লুবদা— "কৃষ্ণ" হায়বা মিং অসি তাবদা ইবেম্মা য়াধানা কৃষ্ণগী য়াথলদা লুপখি থরায় হকচাং লৈজবা খিবিক কৃষ্ণদা কৎখিবা মসিনা অনিশুবা মতাং ওইবা মন ইচ্ছা বড়িবনি।

অমুকনা বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি (মওং) য়েক্তুনা য়াধিকাগী মাংদা পুরকখি। কৃষ্ণগী ফজবা মূর্ত্তি অদু উবদা মাগী থরায় হকচাং পুক্নিং পুন্নমক কৎকি। মশিনা অহুম শুবা মন ইচ্ছা বড়িখিবনি।

য়াথল থেনখিবনা কৃষ্ণনি হায়দ্রুনা হেক্তা মন ইচ্ছা বড়িখি বসি-খন্থ খন্থরুরগা অয়ানবা ওইরক্লে। পুক্নিং অমসুং থম্মোয়বু তোঙান তোঙানবা য়াহৈ তারগা মন-ইচ্ছা হেক্তা বড়িবসি চুমদ-বনি। বাঁশী খোঞ্জেল তারগা, নান্দীমুখীগী য়া লৌরগা অমদি বিশাখানা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি য়েকপদু উরগা মন ইচ্ছা হেক্তা বড়িবসি পুরুষ অহুমদা মন-ইচ্ছা বড়িবা হায়বদু থোকলে। য়াথল অসিদা লুপখিবনা মতম চুপ্পা য়াধাগী, অয়াবা ওইরে। লানখিবা য়াথলগী অয়াবা কোক্লনবা লমল শিংগে থনবনা লাইনিং ওইখি। হায়রিবা ভাব অহুম অসিগা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুদা কাওখিবা তিনবঙ্লা অদুগা অমত্তনি। ভাবতি অহুম শুরবসু য়াগদি অমত্তনি। ময়ম অসিনা

একতালদগী তিনতাল পোকই হায়রবনি। তিনতাল তারকপা মতমদা তিনতালগী পুঙলোন য়ৈগনি অমসুং তিনতালগী ঈশৈ শকনি।

তিনতালগী মতুংদা চুইতাল তাগনি। পুঙলোন্না চুইতাল রাজমেল ওইগনি, ঈশৈশু চুইতাল রাজমেলগী শকনি।

তিনতাল অমসুং চুইতাল রাজমেলগী মরক অতৈ তালনা থনবা নত্রগা থৎপা য়াদে। মরমদি তিনতাল অসি তিনবঙ্খাদগী পোকখিবনি নিংনবগুম্না চুইতাল রাজমেন ফাউবদা রাধা কৃষ্ণ অনিমক্কী যুগল মিলন ওইবনি নিংনৈ। রারম অসিদগী তিন-তালগা চুইতালগা রাজমেলগা তাইনদবা য়াদবনি।

( ভাবার্থ )

পুরুষ অহুমদা রাখ পুপলুবদগী নিংবা কায়রবী, মশানা মশাগী রাখল লাপ্লে খঞ্জরবী শ্রীমতি রাধিকানা লৈকোলগী অচিকপা মফমদা মথন্তা চিন্তা তৌহনা ফমলিংৈদা শ্রীকৃষ্ণ ইঘঙ খঙহৌদনা লেঙক্লে। পুম্নমক্কী পুক্নিং থম্মোয় রাখল উবা শ্রীকৃষ্ণনি। শ্রীমতি রাধিকানা রারীবা অতু উই। তপ্না তপ্না শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, "রাধে নঙনা রারিবা অদো রাগনু। নহাক্না নিপা অহুমদা মন-ইচ্ছা বড়িরে হায়বগীদমক রারিবা, অমসুং হুংঙাইত্রিবা নহাক্কী রাখল অদো থাদোকউ। কৃষ্ণ হায়বহু ইঙোমতনি। কদমগী মখোঙদা বাঁশী খোংহনা রাধা রাধা কৌবতন্তু ঐহাকনি। নান্দী-মুখী হুতিনা হায়খিবা কৃষ্ণ অঙ্গন্তু ঐনি। বিশাখানা য়েক্তন

ননাক্তা পুশিল্লকপা মুত্তি অচুস্ সু কৃষ্ণ ঐহাক্লি" রাহৈ অসি তাবদা মমিৎ উইশিন্দুনা রাখল খলম্বী রাধা, মিৎস্না থম্বাল অচু পাঙথোক্লকই। মাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন-মমোন নোক্তুনা ঙাম্থোইরম্বদু উরে। লাল্লে হায়না নীংলুরবা রাখল অচুনা লাল্লমজ্রবা, পুরুষ অহুম অচুনা অমতা ওইরমলবা অচুদা শ্রীমতি রাধিকা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইখি। রাখল অমস্তুং পূক্লিং শ্রীচরন্দা কৎখি। অসিগুম্বা যুগল মিলন অসি লৈবনা চুইতাল রাজমেল তাগদবনি।

ভাব অহুম (তিনবঙ্গা) হায়বসিদি বৈষ্ণব বৈষ্ণবীতনা লাম্বা ফংবা রাখলনি। হায়দোক্তুনা তরাই তরাই খঙগদবা নত্তে।

তিস্তালদগী চুইতাল তারগা খোঙ য়েংনা হান্না হান্না থাংচুনা কোয়গনি। কোয়রুরগা হান্নগী মফম য়োরকপদা ঈশৈ হনবনা পঞ্চাঙ্গদা খুরুমলগা পুঙয়ৈবদা দোহারদা চংচুনা পুঙ করতাল শোক্লগনি। শোক্লরুরগা হন্দোকলক্তুনা ঈশৈহনবনা মাগী মফম য়োরকপদা পুঙয়ৈবনচিংবা পালা পুন্নমক চপ মান্নবা পঞ্চাঙ্গদা খুরুমলগা ফমগনি। মতুং তারকপা অসিদা মখল মখলগী পুংলোন তাল কয়া কয়া য়ৈবা য়ারে। লৈথোক-লৈকোই ময়াম অচু য়ৈরুরগা চুইতাল রাজমেল অমুক হৌগৎলগনি। চুইতাল অচৌবা রাজ-মেলগী পুঙলোন হঞ্জিল হঞ্জিল য়ৈগদবনি। যন্ত্র-মিলন ওইখিব-দগীদি তিনতাল অমস্তুং চুইতালগী মরক্তা অতৈ তালনা মরক থনবা থনদবগী রাফম লৈত্রে।

## ( কোয়বগী মরম )

খোঙ য়েংমা মাঙ থাজনা ( হান্না থাংজমা ) কোয়বদি নবদ্বিপ পরিক্রমাবু খঙনৈ। মন্ত্র মিলন ওইরিবা অদু বেড়িঘাট কৌই। ওইরোমদা কোয়বনা বৃন্দাবন পরিক্রমাবু খঙনৈ।

র'জমেলগী মিহুন নিপান্নি। রাধা কৃষ্ণ অনিবু সখি নিপান্না থোগল্লি। নোংমগী মতুংদা ওইরিব কাল নিপানবু নায়িকা নিপান্না থোগল্লি। অসিগুম্বা রস ভাব অসিদা পুশিন্দুনা রাজমেলগী মিহুন ( মাত্রা ) নিপাল শেম্বনি ( ওইহনবনি )। কুপশিন্না পারবদি শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক্কী প্রেমগী বিলাসদদি নায়িকা ৮ ( নিপাল ) দগী রস হুম্ফমরি পুথোকতুনা ইবুঙো ইবেম্মবু থোগল্লি। অতুগা লোয়নবা মখল মখা অয়াম্বা তালসু পুথোকপ্রে।

## রাজমেল অচৌবগী পুংলোন (চিনফা)

ঘিন ধেন্তাং খিন ধেণ্টাক। তাং তা টাক খিন
থ্র থ্র তাং খিণ্টাক তাং তেন্তা টক। ধে খিন ধে
ঘিন থ্র থ্র তাং খিণ্টাক তাং তেন্তা টাক।

মতাং অসি বেড়ী ঘাটনি। য়েংওইবনা পাল্লাশিংনা কোয় গদবনি। মতুং তাবদা লক্ষ্মী ঘাট থায়রগনি।

## লক্ষ্মী ঘাট থায়বা পুংলোন ( চিনফা )

খিন্নথ্র খেণ্টাক তাং তা তাং ত। তাং তা তাং
তাং তা খেন-খিন ঘিন্নথ্র খেন খিন তাং তা তাং।

